# নুংঙাইবদৈ থোইনা নুংঙাইবা

তোলচৌ শমজেংশাবম







# ꯅꯨꯡꯉꯥꯏꯕꯗꯦ ꯊꯣꯏꯅꯥ ꯅꯨꯡꯉꯥꯏꯕ

# নুংঙাইবদে থোইনা নুংঙাইবা

---


অইবা তোলচৌ শমজেংশাবম

অফোঙবা - ইবমদম খোর্জেই অপুনবা লূপ, তিযাংলম - ৱাবগাই, মণিপুৰ।

অহানবা ফোঙবা - সেপ্তেম্বৰ, ২০০৮ ইং।

মমল - ৫০ (যাঙ্খৈ)

ফংফম থোকপা - অইবা

মখুম যেকপা - কে:কে: আর্টস, চান্দেল পার্কিং ককচিং।

নম্ফম - এস:এল: কম্প্যুটৰ প্ৰেস, ৱাইখোং অমসুং
টাইমস ওফসেট প্ৰিন্টর্স, ককচিং।


---

# কৎচবা

নীংনফমগী অথোইবা,
ঈমা বাবা অনীনা,
তাইবং পুন্সি লোমদ্রিঙৈ,
লাযব চৈথেং ফংখিবনা,
কন্না ৱানা শৃবগা,
মচা চাউনবা যোকখিবা,
কাউবা লৈত্রি ঙসিসু,
উবগুম তৌবি শংশঙ।
কবম্না শিংগনি লম্মন,
কৎচগে পিবাং পিরোযনা,
শৈরেংগী লাইবিক অমত্তং,
নচা ঐনা ইজবা,
শকচনবা লম্মন শিংবা,
খোম্নাং ঈবিক অমগী,
কৎচবি থম্মোয শেংনা
"নুংঙাইবদৈ থোইনা নুংঙাইবা"
মিংথোঞ্জবা লাইবিক মচাসি,
লৌবিযু লৎনবা লৈত্না।

পাঙদ্রবা নচা
তোলচৌ



# ৱাহৈ খরদং

তোলচৌ শমজেৎশাবম যাম্না ইংজ থোৎচ-নৌজবা অমনি। মাগী অহানবা ৱাবীমচাগী লাইবিক 'ওজা সঙ্গায' হায়না মিংথোনবা ৱাবীমচাগী লাইবিক্লা অইবা অমা ওইনা শক-তাক্লকপদগী ইকুই-কুইদনা শৈবেং 'শিংজু মথেল' হায়বা প্রমান-পাহৈ পাউতাব কয়া যাওবা কবিতাগী লাইবিক অমনা অমুক্কা কবি ওইনা শকখঙবা তৌবকখি। অদুদগী ৱাবীমচাগী লাইবিক 'ৱাবী শিংজু' হায়বা লাইবিক অমসু ফোংখ্রে। মথংদা হন্দক অমুক 'থোংজাওগী খুঙ্গোক্লোন' হায়বা লাইবিক অমগা লোয়নননা শৈবেংগী লাইবিক 'নুংঙাইবদে থোইনা নুংঙাইবা' হায়না মিংথোনবা লাইবিক অমা ওইনা লোম্নুনা লৈকবনা অইবা অমা যাম্না ইচঙ থৌনা চোংথোবকপদা ঐখোইনা ওবাম্না ওকচৈ।

'নুংঙাইবদে থোইনা নুংঙাইবা' লাইবিকসিদা যাওরিবা শৈবেংশিংঅসি পুকচেল শেংনা মাগী লোন্দাদা চন্না ইজবনি। চন্নবা শৈবেংশিংগী মনুংদা কবেম্নবা, নোক্লিংবা অমদি মমল যাম্নবা পাউতাক কয়াসু যাওরি। অনৌবা মথলগী শাফু কনবা শৈবেং যাম্না যাওদ্রবসু সমাজগী থৌদোক-ৱাংথোক পামদবা কযাবু মহাউ যাওনা ইবি। ধর্ম্মদা লুপচবা ঈশ্বরবু চেৎনা শাগোন্নজবা, প্রকৃতি অমদি ইমা লৈবাকপু যোকখৎচনিংবা কয়া অমসু শৈবেংশিংদা উবা ফংই। অইবসি শান্তিবু পামজবা কবিনি হায়দবা ঙমদে।

ইবমদম খোর্জৈ অপূনবা লূপ (ইখল)গী পান্দমদি তৌবক্লিবা অইনা অইবীশিংদা ইনিংবগী ইথিল পীবগা লোয়নননা মখোয়গী অইবশিংদু অঙম্বা মতেং পাংশিল্লগা লাইবিক ওইনা ফোংদোক্নুনা মণিপুর সাহিত্যগী সেবা ফংবনি: পান্দম অসিগী মখাদা লূপসিগী মরিশুবা ওইনা ফোংদোকচরিবা লাইবিক 'নুংঙাইবদে থোইনা নুংঙাইবা' হাযবা খুদোল অসি অপাবশিংদা শিন্নজবি।

তাং ২৯-০৮-২০০৮

মাইবম নবকিশোর
প্রসিডেন্ট
ইরমদম খোর্জৈ অপূনবা লূপ (ইখল)

# অইবগী ৱারোল



ঐগী "নুংঙাইবদৈ থোইনা নুংঙাইবা" তাযনা মিং থোঞ্জবা শৈরেং লাইরিক অসি, শৈরেং ইবগী চৎনবী নিযম খঙনা ইবা নৎচদে। ইচম চম্না পুক্নীংদা ফাওবকপা ৱাখল খববু শৈরেং ওইনা ইথোকচননি। পাবিনিবা কনাগুম্বনা ঐগী অশোযবা কযা থেংনবিবসু পাঙদবা অইবনি খন্দোকপিবগা ঙাকপিগনি। অশোযবদু পুক্নীং লৌশিং ওইনা তাকপিবকপদা হবাউজগনি।

লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎবদা ইখলগী সেক্রেতরি চা-খোম্মৈ লমজাওদা লৈবনা প্রুফ লৌবিখি লোযননা ৱাহৈ-ৱাত্রানচিংবসু যেংশিনবিখি। মথংদা শমজেৎশাবম কুমার সিংহনসু পুক্নীং থৌগৎপিবকখি। মরম অদুনা লাইরিক্কা মরী লৈননা ঐগী ইতেং পাংবিবকখিবা মথক্কী ইনাও অনিগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

অইবা

## ৱাফম খরদং

ওজা তোলচৌনা ইবা "নুংঙাইবদৈ থোইনা নুংঙাইবা" হায়না মিং থোনবা শৈবেং অসি পাজবে। ওজানা ইচম-চম্বা লোন্দা শীজিন্নদুনা সধাবোন ওইনা মীযামগা পামিন্নবা অমসুং তানমিন্নবা যাবা শৈবেংগী লাইবিক অসি ইবিদুনা খুদোল তম্বীবকপগীদমক থাগৎপা ফোংদোকচবি। লোযননা মতুংদসু অসিগুম্বা লাইবিক কয়ামকম পুথোকপা ঙম্বা ওইবীনবা তাইবং মপুদা থৌনিজবি।

লাইরিক্কী মগুণ, ফজবা ফজদবা কযা অদুদি পাবিবিবা ওজা গুরুশিংনা লেপ্পিবকপা ওইবসনু।

তাং ২৬/০৮/০৮
থোংজাও

শমজেৎশাবম কুমাব সিংহ
থোংজাও

# মনুং লমায়াশংদা

# পীনবিয়ু

তারু উক মিৎ নাকোঙসীনা,
খল্লকই মওল মওল পুক্লিংদা।
থৌদোক ৱাথোক্লা থল্লবা,
খুন্নাইসীদা ঙসি ঐখোযগী।
ফোংদোক্কে খল্লী ইচিনসীনা,
ঙমদে ফোংদোকচ লৈযেংনা।
ইগে খল্লি অনীং ৱাবোল,
চৎলু য়াদে চেবাং থক্ত,
কলম মাসু খুত্তা পাযবা।
লেপউ য়াদে ঐগী ৱাখল,
পীনবিযু লৌশিং জ্ঞানগী মপু!
ইনবৈ থৌনা মরীক অমত্তং,
পাঙদ্র নচা ঐঙোন্দা
পীনহৈবা হে থৌজালগী মপু।।

# নুংঙাইবদৈ থোইনা নুংঙাইবা

নুংঙাইবদৈ থোইনা নুঙাইবা,
নুংশি চান্ন হিংমিন্নবনি।
অথোইবা গুণনী মীওইবৈ,
অমনা অমবু নুংশিনবনা।
কৈদা লৈবি নুংঙাইফম,
নুংশি চান্ন যাওদ্রবদা।
মাঙহল্লী নুংশি চান্নববু
াল্লক মিহৌ অশাউবনা।
নুংশিবা ঙম্বা জীব খুদিং,
কৌই অথোইবা ধর্ম্ম।
মাঙহল্লী নুংশি শাবনা,
অশেংবা নুংশিবৈ গুণ।
খেন্নবা লৈরোই নুংশিবদা,
জাৎ ধর্ম্ম কাংলুপ।
ৱাৎলক্লবদা নুংশিবৈ গুণনা,
যাম্লক্কনি যেক্লা মশীং।
শক্লবি শোন্নবি লাৎনবি,
মিনুংশি চাউবা অথোইবশিং
লোইবা ঙম্লোই হাত্তোক্লবনা,
যেক্লা মাঙহন কৈদৌনুং।
মাঙহনবা ঙমগনি যেক্লবা,
মিনুংশি থম্মোয লাঞ্জংদনা।
পুনশিনবা ঙম্লবা মালেমসে,
নুংশি লিপুন্না 'মুক্তং।

নুঙাইগনি স্বর্গদগী হেন্না,
লৈতাদ্র ঙসিগী মালেমসী।
নুংঙাইবদৈ থোইনা নুংঙাইবা,
নুংশি চান্না হিংমিন্নবনী॥

## কল্লক মিহৌ অশাউবা

কল্লক মিহৌ অশাউবা,
থাদোক্লদে নখোয অহুম।
লোযনদুনা লৈ মতম পুম্বা,
মমায় অহুম লোঙবগুম্না।
গুণদি গুণনী মীওইবৈ,
অফ গুণদি ওইদবা।
ঈংনা চীক্লা লৈহন্দে,
মতম পুম্বা ঐগী পুক্লিং।
লৈতাফম খঙহন্দে ৱাখলসী,
হাযযু মুক্তা ঐঙোন্দা।
নখোয অহুম মান্নব,
পুম্মমক্তে হেল্লগা ঐনা।
তোক্লগদ্রা নখোয়গী ইনশিনবা,
নৎত্রগা জগৎ পুম্বা।
ঐগী ঙাক ওইবগা,
থুংলগদ্রা নখোয়গী ননীং।
হাযযু নখোয অমুক্তা,
খঙদ্রিঙৈ খঙলমদে নখোযবু।
খঙলে ঙসিদি নগুণ,
থোকহনবা ঙাক্লি নখোযনা।
মালেমগী ৱাথোক অয়াম্বা,
নখোযগী পন্থুংদি হাত্তোক্লবনি।
কল্লক মিহৌ অশাউবা,
পামজদ্রে লোযনবা নখোযগা।
লৈবিবনু ঐগী নাক্তা,
মতম পুম্নে ওইনা।।

## ঙাওনরি

ঙাওনরি ঙাক্লী মীওইবা,
মানা মানা পাম্বদা।
মহৈরোয়শিংনা ঙাওনরি,
তুংগী লৌশিং তানশিনবদা।
শাবি শানৌশিংনা ঙাওনরি,
অপাম নুংশি ইবাংদা।
শান্নরোয়শিংনা ঙাওনবি,
অফ মিংচৎ তানবদা।
নেশাদা ঙাওনরি নেশাব্রালা শিংনা,
পুক্সী মমল খণ্ডদনা।
লায়ববশিংনা ঙাওনরি,
শেম্লোক লশ্বী থিবদা।
ঙাওনবি শেঞ্জাও পায়বশিংনা,
শেন্দোংগী লশ্বী থিবদা।
চৈজা-বমদা ঙাওনবি,
লমচৎ নাইদবা কয়ানা।
ঙাওনরি ব্রাদনা নুংঙাইনীংবশিংনা,
মীরল মৎনবা ব্রাখন্দা।
ঙাওনরি বাজনীতিব্রালানা,
শক্তি পায়নীংবৈ ব্রাখন্দা॥

অশৈবশিংনা ঙাওনবি,
থম্মোয় শুম্বা ঙম্লবা।
নীংথিবা সুরগী খোম্থাংদা,
অতাবা ভাবক কয়াগী।
অইবা কয়ানা ঙাওনবি,
মাগী মাগী খুৎইদা।।

# পূকচেল খোয়বা

থেক্লা খোয়না চেল্লিবা,
তুরেলগী ঈশিং ঈচেন্দী,
অইবা কয়ানা শীংথারি,
অশৈবা কয়ানসু শৈথাবি,
নীংথিবা কোলোয় পন্দুনা।

অখোযবা য়ুম্বী চুম্বা য়াই,
হোবায় থারগা মিস্ত্রিনা,
অচুম্বা য়ুম্বীনা শাবা য়ুম,
ফজহল্লী মওং মতৌ,
ফজবনা নুংঙাইহল্লী পুক্লীং।

পূকচেল খোয়বা মীশিংনা,
মশক থীহল্লী খুন্নাইবু,
পূকচেল খোযবা মীশিংগী,
মখোযবু চুমথোক্লা পাম্বেদি,
লৈতে সাহিত্য নত্তনা॥

# নীংঙল্লক্তে

খঙদ্রিবঙৈ খল্লম্মী লায়না,
খল্লুবা খঙলে লাইরমদ্রে,
পুন্সী থৌদাংনা কবিনো,
থেংনবগা উরে ঙসি,
মীওই মপোক অসিদা।

লোইনাইদা জগৎনি তম্বদা,
হৌবি তম্বদি ঙসিদা,
হৌগ্রে পুন্সীদি অযাম্বা,
খঙলকই কোন্না কোন,
নীংঙল্লক্তে অদুঙৈ মতম।

শিগনি নীংশিংদে ব্রাখন্দা,
পুন্সীনা ইপান ফরিবঙৈ
হকচাংনা পাঙ্গল কল্লিবঙৈ,
তৌখি পাপকী থবক,
নুংঙাইনবা ব্রাখন্দা ইশাগী।

পুন্সিনা মমি শামজিল্লক,
হকচাংদা পাঙ্গন্না লৈবক্তা
পাঙথোক্লকী থবক্লা সবা-সন,
নীংঙল্লক্তে হেন্না হেন,
তেল্লবা পুন্সীগী তাঙ্কক্তা।

পোক্লগা শিবা মীওইপোক,
শিরগা শোন্নে অফ-মী,
পেন্নে শিরগা ফত্ত-মী,
খলহৌদে তুংগী ৱাবু,
পঙভীদা ঐগী পুন্সী।

তৌবমগে খল্লক্লে ঙসিদি,
পামজবা খরা থম্মোয় নুংদা,
কবম্লা ঙমগনি পাঙথোকপা,
তেল্লবা মিকুপ সিদা,
নীংঙল্লক্লে হৌখিবা পুন্সি।।

# লোইবী চীঙ্গী ব্রাকৎ

তাইবংদা লৈশেন্নক অদুঙৈ,
লাক্লবনি লোয়নদুনা ঐদি।
পীগে খন্না কান্নবা,
অচৎ-চত্ত জীবশিংগী।
ঐগী চীংজুম লাইজনা,
তুরেল তোবৈ শেম,
য়েল্লি লাইজ শীন-থুংনা,
কোক্লবৈ অরাম খৌরাংবা,
জীব পানবা খুদিংমক্কী।
ঙাক্লি মতম চুপ্লদা,
কল্ল নুংশিংকী শাফু।
জীবগী থব্রায় ওইনবি,
উহৈ কযা চাদুনা,
ঐঙোন্দা হৌবা উপানগী।
নাবক মোংশোং কয়াদা,
য়াইরেক কাইদোং ওইদুনা,
তুংনফম ওইনবি জীবগী।
য়ুম-কৈ উপু কাংথোন,
চাকথোং মৈথা কয়াদা,
পামেল উপাল য়ান্দুনা,
শীজিন্নরি তাইবং নখোযনা।
কথোকপনা ইথৌদাং ওই,
লাক্লবনি ঐগী পুন্সি।
মিনুংশি যাওদে তাইবংমী,
তৌবীমল খঙদে নখোয়সি।।

লোইবী ঐগী ইবলবু,
তাক্ল-তুম্মা য়াম্বৎলে,
খাম্বী মৈজাউ থাদোক্লে,
চীংমায় পান্নৌ য়ান্দুনা,
চেম্বহল্লে খাম্বা ঙমদনা,
পান্মুর ঐগী লৈহাও,
কল্ল নোংগী শাফুদা।
ওনখিবা তারে লৈকংলা,
খল্লুবদা ব্বারে থব্বায়সি।
যাম্বৎপিরনু পামেল উপাল,
থাবিবনু খাম্বী মৈজাউ,
তোকপিরো চীংমায় পান্নৌ।
খনবিদুনা তুংগী ব্বাখল
চেনবিদুনা মিনুংশিগী পুকচেল।
কনবিয়ু ঐবু অমুক্তা,
কনবিরো অমুক্তা ঐবু।।

## ঈমাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম

ঈমাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম,
বার্ত্তোন তৌই চিংখদনা,
মকুপ-মপাং পুন্নমক,
সাধু বৈষ্ণব খিবিকসু।
ইখি বার্ত্তোন মবোন্দা,
ঙমজবা বস্তু খবদং,
হরি সংকৃর্ত্তন ইবোইনা,
কচ্চগনি হবিগী চবন্দা।
লাকখি বার্ত্তোন ফংবশিং।
ওইখিদে মপুং কর্ম্মদু,
নাম শ্রবন তৌবদা।
ওইখি মপুং শেন্থা পোৎয়েংদা।
শেন্থা পোৎযেং লাংবদা,
চঙখিদে অতৈ ব্রাখন।
কন্না শেন্নৈ পোৎয়েংশেন,
ইশিন্দুনা থম্মী পোৎয়েংচাউ,
মশীং থাদে পোৎযেংপীক।
অসীনি ঐগী ব্রাখন,
অসীনি ঐখোয় চৎনবী।।

# কুমওন ফীরোয়

কুমওন ফীরোয়নী ঈমাগী
চাউনা লাওঙী উৎসব থৌরম।
হায়নৈ মহে চাউই অন্নদান।
তৌনীংলুলদে বার্তোন লায়র-অনং,
চাবা ফংদে মবুক লাম্বশিং।
বার্তোন তৌই খল্ল খল্লগা।
নুংঙাই যাইফ মশক থোকপশিং,
মীওং-মীদা য়েংনা য়েং।
হাযনৈ মীসু ঐসু অন্নদান,
অথোইব দান্নী দান পুম্নমক্তে।।

## খান্নগনু ইপা ভোট লেপ্নগে

কান্নে খঙলে ভোট কারবদি,
শেন্দোং লৈবা করবার মাদনি।
উবেদনা তৌরিবা মতৌসি,
থোকচাউ মন্ত্রীগী ইমুংনা।
হেল্লিবনি লাইরিক হৈবসু ঐনা।
হেল্লম্বনি তলব চাউনা চাবসু।
কৈদৌকনি থাগী তলব চাবনা,
সবকারগী মখাদা মীনাইগুম।
ঐ পেন্দে যাম্না পেন্দে,
থাদোকপা তারে তলবকী থবক।
কাযথোক্লগে মাল চাং অবৈবা।
খান্নগনু ইপা ভোট লেপ্নগে।

কাবু কাবদি হঞ্জিন ঙমগনি,
ইবায লাযনা চঙী অমদা।
লাখ কযানি চঙী অমদা,
লোকেল এবিযা ডিভেলোপমেন্ট ফণ্ড।
তলব এলাউয়েন্স অতৈ অচারম,
বাহ! বাহ! এম এল এ নঙসে,
পুন্নমক লাকপনি মাগী খুত্তা।
লৌবী য়ুম্ফম লেপহৌগে,
ইয়ুম দলান শাহৌগে।
থিগৎপা ঙম্লোই পুকচেল মান্নদে,
ঐনা খঙত্তী মীয়ামগী মিহুন,
খান্নগনু ইপা ভোট লেপ্নগে।

কংলৈবাক্কী মন্ত্রী এম এল এ,
সিফাই সন্ত্রী কয়ানা,
জীপ কার পারেংশা,
সাইরেন হুইসেন ঋিং ঋিং,
জৃ-রি-রি কাব নম্বোনবী।
মীতিন খুদিং ভি আই পি,
চাউনা লেম্না তাংবন থক,
লৈ পবেং ঙক্ত হুক,
প্রোক প্রোক খুবাক খু,
মতৌবু উবগা মখোযগী।
খাঙবা ঙমদ্রে ঐহাক্তী,
খান্নগনু ইপা ভোট লেপ্লগে।

ঐগী কেন্দ্রগী ভোট্টরশিং,
চাকখাঙ য়ুখাঙ তৌরগে,
থবক হাপকে লোন পীগে,
ওইদ ঋাহে পরেংশা,
লুহোঙ খোঙদোং অশি-অনা,
দেব কর্ম্ম খুদিংদা,
শেম্বা পোৎয়েং তৌবগে,
বার্ত্তোন তৌবা তৌদবা,
শক্লোন চাম পুবগা।
অপঙ মীসু নত্তে ঐ,
শোয়দনা কাগনি ঐহাক্লা।
খান্নগনু ইপা ভোট লেপ্লগে॥

ইজ্জৎ লৈবা লৈতবা,
জবান ঙাকপা ঙাক্তবা,
লৈরম্লে শেম্থোক লম্বীদা।
হিংলম্বনি ঐগী পুন্সি,
মকম থুপ্না ইজৎকী,
ঙাক্লম্মী জবান নিপাথোক্লা।
শেম্থোক লম্বীনা পাক্লিঙৈ,
খুত্তা পৈশা ব্রাৎত্রিঙৈ,
থাগৎপিরম্মী মীনা ঐবু।
জবান ঙাকপা নিপানি,
ইজ্জৎ লৈবা মীশক্লি।
চাউথোকচবম্মী ব্রাহৈশিংদু তাবদা।
তম্বা ঙমদে ঐগী পুন্সি,
মথং মথং ব্রাথোক লাম্থোক,
ইমৌ থিবৈ হাক্তক্তা।
মনম মনম অশি-অনা,
ঈপা ঈমা অনীমক।
ইরৌ মচেৎ ব্রানোমশেন,
ইচা নিপা ইবোহনগী।
থবক ফংদে শিং নাম্থোক,
থৌবা থোক্তে লীশীং চাম।
মীগী লন্দোন লাঙ্গোয় চন,
ব্রানা তাল্লুই শেন্দোই কোন্নদে।
ঐগী নুপী তথোৎলৈ,
শক-চুদা ব্রাত্তবী,

হৌন-লোনচৎ খণ্ডলম্বী,
হোংখরে হান্নগী শক্তম,
ওল্লে শকথীবী য়াঙ্গংবী।
লনশোৎ লন্দোন হৈনরে,
মীবা মীচৈ খাঙওল্লে।
ওল্লে থবকসু য়ুয়োনবী,
ইজ্জৎ-ফাজৎ ব্রাংমদা।
লায়রবৈ পুন্সি হাই হাই!
করম্না হিংনি ঐগী ইমুং?
থিবা তারি হিংন লম্বী,
অচোপ অরেম থিদনা,
অঙাং-নুপী হিংনবা,
ব্রাখল ইফুৎন কংদ্রিঙৈ,
পামদি পান্নিদা পুন্সীসে,
ইজ্জৎ লৈনা হিংবদো॥

## নুংশিদা ঈমা মণিপুর

ভারতকী নোংপোক চিদাইদা,
পীক্ল মগুণ চাউরিবী,
চীংলোন মাপন্না কোয়শিনবী,
ঋতু তকক্লা থৌগল্লিবী,
জাতি বিজাতি কয়ানা,
তৃংনফম ওইবী ঈমানী।
কালা সংস্কৃর্তিগী লমদা,
মালেম থুংনা মিংচৎপী,
শান্ন-খোৎনবগী মায়কৈদা,
মালেমগী থাক্তা লৈরবী,
অসুম্না শক্লরি শোন্নরি,
ঈমা নঙ্গী নগুণবু।
অদুবু ওনখ্রে ঙসিদি,
ঈমাগী শক্তম নীংথিবদু।
ওইরে অকিবা শক্তম।
"খদ্রক মপান থাব লম,
করপ্সন মউ লিংব লম,
নোংমৈ মপান শাৎপ লম,
আইনগা নোংমৈগা মূক্ল লম,
এডস মকোল শাব লম,
মীহাৎ মীপুন কৃংবা লম,
বন্দ ব্লোকেট হোঙবা লম,
মীনা মীবু কিন-লম,
দিমাগু চৈথেং ফংনলম,
ওইরে ওবাজোক্কী লৈবাক।"
নুংশিদা ঈমা মনিপুর।।

## য়াদবা তাঞ্জা লাকই

করিগী ইনীংলি নঙনা,
পুক্নীংগী ঋারোল কয়া?
করিগী ঙাংলুরি মীঋা,
য়াদত্রা তুমিন্ন লৈবা?
কবিগী ঋাবিরি নঙনা,
মীগী অঋাবা মতৌদা?
থৌনাফ শারুরি কবিগী,
নরিনসু পান্দবা নঙনা?
কিরুদ্রিবা করিগীনো শিববু,
পোকঙমদ মপোক্তা পোক্লগা?
ঈদোম হংজ ঋাহংনি।
তাঞ্জা লাকই য়াদবা,
ঋাদি ঙাংবিরোই নিপা,
নামৈদি চাক্কদৌরে মৈনা।
নীংশিংলকখি থায়নগী পাউরৌ॥

## শোরাৎ চৎলুবদা

চান্নর মরুপ অমগী,
লৈখিদ মচা নিপাদু,
লৈখিদবনি লৈতবনা লায়েংশেন।
লায়র ইমুং ওইবনা,
ঐনা চৎলুবি শোরাত্তু।
ইশৈনা রাগ তাবগা,
নিল্লী মিকপ মিবাউখোন্না।
তেংথানবি মপা মমা,
মচীন মনাও মচন মচে,
পেন্দ ব্রাহৈ কয়ানা,
থম্মোয় পুঙমদা খোঙ্খোক্তা,
লৈখিদ মাবু কৌবগা।
কপ্পু ঙমদে ঐহাকসু,
ঐদা নত্তে অতৈসু,
মখোয মতৌ উবদা।
শৈশকপনা শক্তি ঈশৈদু,
নীংথিব সুরগী খোন্থাঙদা।
থৌবুনা থারি অথাশেন,
থৌবুদা নত্তে ভাবকসু।
শরক শিহন্দে শেম্থাবা,
শেম্থা কুম্মৈ ওইনবি।
পুংয়েবনা য়েরি শেলকৌবোন,
"খিৎ খিৎ থুনা থুনা,
অরৈ লৈত থিবিনু,
খিৎ খিৎ থুনা থুনা,

অরৈ নৈত থিবিনু,
থাবিরো লাউ থাবিরো লাউ।"
ফজৈদা ওজা তুনান,
মাগী চোলোম নীংথিবা,
মখুৎও মশাও মঙকও!
মথা শমথৈ ইশৈনা,
থিরি মবুংঙোবু ফংনবা,
যুমথোঙ খুদিং চঙদুনা,
যোগি বেষ থোল্লিবী,
শ্রীমতী রাধিকা ইবেম্মনা।
ব্রাহ্মনা শোল্লি মন্ত্র,
লাইরম তীল্লম মীরমগী,
মীগী লোল তাংদুনা।
তাক উক খুদিংবু,
মৈতৈ ঐখোয় চৎনবী।
মওন মওন থল্লকখি,
পঙল ঐগী বাথন্দা।।

## শাবম শাবম্না পুই

তাক তারুফম্ম ওইহল্লী,
অঙাংবদা তারে অঙাংবা,
অমুবদা তারে অমুবা,
নোংমদোনথক্কী লাইজনা।
উকম লাংবা পুথ্রীদি
থাজিল্লসু অরুবা ঈশিং,
মহীক মনাই চেল্লকই।
নুংশা লাংবা পৃথ্রীনা,
মহীক মনাই চেনওমদে,
ফৎলমদ্রসু কোন্না ফবকই।
শেঙ্গা-কনবা ফম্নাইবা
মন্ত্রী এম এল এ গী তালোয়দি,
পুকচেল ফবী ওইরম্বী,
শেঙ্গা হৈবী ওল্লকই।
মশাগী ওইজ থিদবা,
অশোন অনাদা থৌজানবা,
কথোক ঙম্বা নেতাগী,
লোয়নবী ওইবী মহাক্তু,
মিনুংশি চাউবী ওইরকই।
কথোক ঙম্বী ওল্লকই।
হায়নবি মৈতৈ পাউরৌদা
"শাবম শাবম্না পুই॥"

## ঈশ্বর

হায়নৈ থৌজালগী মপুনি,
পীনহৈবা ইবুংঙো মহাক্লী।
তোল্ল-তারবা উপায় লৈত্রবা,
লায়র অনংগী মফমদা,
থৌজাল পী হায়না,
তাজেনে অসুম্না ঐহাক্লা।
জগৎকী মবুংঙো হে ঈশ্বব!
থম্মোয়নুংদা লাৎচরি,
নঙ্গী শক্তম নীংথিবা,
নিতি নুমিৎ খুদিংগী,
ঐগী অৱাবা কোক্লবা।
নঙ্গী ৱাখন্দ লুপ্তুনা,
হৌগ্রে মতম পুক্সিগী।
লৈত্রে ফংবা কৌবদি,
নঙ্গী থৌজালগী খুদম।
অৱাবদা অৱাবা পীবা,
নুংঙাইবদা নুংঙাইবা পীবা,
অসীরা নঙ্গী থৌজাল।
লায়ব পুক্সি ওইরুবনা,
লৎনরিব্রা নংনা ঐবু।
উৎপিরো থৌজালগী শক্তম,
কোকহনবিরো ঐগী অৱাবা,
থৌজাল হৈবা হে ঈশ্বর॥

## পাপ

মীওইবনা মপান ফরিঙৈ,
ফিরান মমায়না চুন্নিঙৈ,
শেম্বোক লম্বীনা পাক্লিঙৈ,
হিংন মচাক্ক শুরিঙৈ,
ঐগী মীচঙ বাংত্রিঙৈ,
পাপকী বাহৈ পন্নদে।
পাপকী বাসু খল্লুদে।
পুন্সিনা মরায় চায়থরক,
শোম্বোক লম্বীনা তংশিল্লক,
লায়র পনখৈ লানশিল্লক,
হকচাংনা পাঙ্গল শোঞ্জিল্লক,
ইমুং ইশৌ লাংশিল্লক
হায়ন তানা ইল্লক্ত,
পাপকী বাহৈ তোয়রক্রে,
পাপ, পাপী পাপচেনবা।
অসিরা পাপ হায়বদু ?

# লানবুংনী পুন্সিদি

লানগী লানবুংনী পুন্সিদি,
লাম্থেংনরিবা লাম্মীনা ঐহাক্কি।
চণ্ডশিল্লী লান থেংন থেংননা।
তাইবং পুন্সি লানবুংদা।
মায় পাকপা পাক্তবা,
পুরক্কনি মতম মানা,
থেংনবদি ইথৌনি ইশাগী,
লাম্মী অমা ওইবৈ।
হনগনু পুক্লীংকৈদৌনুং,
খুদোংথীবা মায়োক্লবদা,
থেংনৌ থৌনা লৈনা।
লাৎলু অচুম্ব থম্মোয়নুংদা,
লৈগনি পাঙ্গল থৌনা,
ওইগনি মমৈদা জয়।
থম্মোয় নুংলোন ঐহাক্কী,
লোল্লকই মরোল লাল্লক্তা,
তাইবং পুন্সি লানফমদা।।

## অকিবা পোক্লকই

ইবি খববগী লমাযদা,
নোংম কাংদ অশিপাউ,
কাপ্লম্লে হাংলম্লে তাবম্লে,
অদুগী অদাগী মরালদা।
হান্ন হাত্তোক কোন্না মবাল,
লৈহন্দ্রে মমল মীওইপোক;
হাত্তোক্লে শা ঙাগুম।
কল্লি ঙল্লি হাত্তোক্লি,
খুত্তা নোংমৈ পাযদুনা,
মী মবক্তা মীহিংচানা।
ওইহল্লে লৈবাকসী মীহাৎপুং।
হিংনদ্রে তংদু লৈতা,
অবৈ-লৈত কনাসু।
নিল্লে মীকপ মীরাউখোন্না,
শিবিবা মীওই অয়াম্বা,
নহা পাখং ওইবশিং।
যাওবি ইদবা কয়াসু,
অশিপাউগী লমাযদা,
থকপী চাবী কাপ্পীদা,
গুলি গুলাং নম্বব ফোব।
নাকল অমদা কমদৌবি?
আইচ আই ভি এদসনা,
মখা লাওনা কাথোক্লু,
তান্ন তান্ন লাক,

হিংয়োৎ হিংয়োৎ য়োৎ,
নোংম কাংদ য়োৎশিল্লী।
অৱাবনি কংলৈবাক্কী শক্তম।
পা পী লাইনা থাবনি;
জগৎ শেন্থা য়ানবা।
কায়হৈদ খন-নি অনীসি।
লাইনা থাবা ওইবফাও,
হাযনৈ মৈতৈ পাউবৌদা,
তম্বা নিপা অমদা,
থুংই তালোয তবেৎ তবেৎ,
পোৎহাপ নপচোবী অমমমসু।
লিববা মৈতৈ পাউবৌনী,
মীহাৎ মীপুন কুংদ্রিঙৈ,
তংদু-লৈতা পাল্লিঙৈ,
পাউবৌনীনে মতমদুগী।
হৌজিক্তী কদায ৱাফমদু,
নোংম কাংদ মীশিপাউ,
পা হাৎপনা লেপশিল্লক্ত,
নোংম কাংদ সুম সুম।
পীগী মশীংনা য়ামখৎলক
কবি ওইবক্কনি মমৈদা
কংলৈ ঈমাগী শক্তমসী
অকিবা পোক্লকই খল্লুবদা
পঙল ঐগী ৱাখন্দা।।

## লাংয়াইগী চেঙ

লমগী চেক্লা উরেনবী,
নঙনা লাংদ থুবদি,
লাংয়াইগী চেঙ চাকুবনা,
থুবনীদা থুবনে দে...।

লাইজনুংগী লেম্লে নঙনা,
ঈলগী লাংদ থুবদি,
লাংবু থাকই খঙদবনা,
থুবনিদা থুবনে দে ...।

শাবি শানৌ কযানা,
লৌনম লাংদ থুবদি,
পুকচেল ৱারক ঙমদবনা
থুবনিদা থুবনে দে ...।

লাংয়াই চেঙবু পান্নদি
শোয়রোই থুনি নোংমদি
থাযনগী পাউরৌ লৈবনী।
কাউগনুদা কাউগনু দে ...।

# নুংশিৎ

শকউদনা শকখঙবী,
জীবে থবায় ওইরিবী,
থাদোক্লু য়াদবী জীবগা,
কান্ন থোইবা নহাক্লি।
কনবদৈ কনবা নহাক্লি,
ঙম্বদৈ ঙম্বসু নহাক্লি,
য়েক্লু ওইবসু নহাক্লি,
জীববু য়োকপিবা নহাক্লি,
প্রলয় শক্লোনসু নহাক্লি।
হাদ মালং নামিবা!
নঙগী নগুন চাউইদা।
খঙদবনা খল্লুদে লুনা,
মলংবা নঙগী নগুণবু।।

## কংলৈ ঈমাগী মমোল্লোয়

পারী চাউদ নমদ পো,
পোৎয়োম পোৎলুম কোক্তথোং,
লল্লোন ঈতীক শিম্থা ওই,
খারৌ-লাইরৌ চেন্ন চেন।
য়ুমদা লৈরে শিনয়াম্বী,
লমদা খোক্লে থৌয়াংবী,
ব্রাৎপ লৈতে লৈবাকসে,
কংলৈ ঈমাগী মমোল্লোয।

খুত্তা মৈরা পায়ন চৎ,
খ্বাংজেৎ মচি লাংন শেৎ,
নোংজু নুংশা থিদবী,
অকি অখং য়াওদবী,
সিফাই লাক্লে হন্দবী,
লৈবাক্কী থৌদি থৌয়াঙবী,
ব্রাৎপা লৈতে লৈবাকসে,
কংলৈ ঈমাগী মমোল্লোয়।

ফিশেৎ ফিইন চগোম্ন,
পীশুম চীনবান মচু শঙ,
মিৎয়েং মিৎচি লাংবু থাক,
শাজৎ শাথেক হাপ্ন চৎ,
তম্বা পিবুক নুংহৌহন,
ব্রাচৎ ব্রানোম হৈথোইবী,
ব্রাৎপা লৈতে লৈবাকসি,
কংলৈ ঈমাগী মমোল্লোয়।।

## চৎনবী

চাদশিন্ন চখোমচাউ,
য়েংদশিন্ন মিৎলাউবী,
লৌদশিন্ন খুৎশাংবী,
অনীথোক্লে মথোকপী,
ফত্তে ফত্তে মহায়বী,
মীনা তৌবে মতৌবী,
মীনা চাবে মচাবী,
অচুম অরান থিদবী,
অফ-ফত্ত খন্দবী,
চৎনবীনি চৎনবীনিদা।
মৈতৈ মচা ঐখোয়গী।।

## কংলৈগী কালৈ

লাক্লবনি লোয়নদুনা ঐদি,
কংলৈদা কংলৈচানা খুষ্ণোকঙৈ,
থোনবিরকখি ঐগী ইমিং,
কালৈ পুকয়ু ৱাইয়ু,
থক্লরম্মী য়ুথক নাইনা,
অৱা নুংঙাই অনীদা;
পুক্লীং মকা লাম্লবা,
চীংমী তম্মী অনীমক।
লুনা চান্ন তৌরম্মী,
কংলৈগী কালৈ ঐহাকপু।
হৌগ্রে মতমদু ঙসিদি,
মতমগী য়াওন তুংইন্না।
হোংদোকপিরে ঐগী মিং,
থোনবীরে হীদাক হায়না,
নহা অহন খুদিংনা,
কৌবিরি হীদাক হায়না।
হরাউজৈ মিংথোন পীবদা।
হীদাক মিংথোন পীরদি,
শীজিন্নবিয়ু হীদাক ওইনা।
শীজিন্নবিগনু নেশা ওইনা।
শীজিন্নরবদি নেশা ওইনা,
ইমুং মহী লাওগনি,
লৈকাই মনিন নাইগনি।
ইরান শীরক্লনি ঐঙোন্দা।
কালৈ ইশুং লাংগীদমক,

ৱাহৌ ৱাজাও থোকপদু,
ওন্থোক্না ইকাইজৈ ঐদি।
হৌই ফত্তবনা নখোয়না,
শীজিল্লী মবান্ন ঐঙোন্দা।
মুৎহনগে খল্লী ঐবু,
ঙল্লোই মাঙহনবদি কৈদৌনুং।
শীংনবা ঙল্লোই ঐঙোন্দা,
চাউনা লৈরি ঐগী মীচঙ।
মালেমগী মফম খুদিংদা।
লেপ্লক্কনি ঐগীদমক মখোযনা।
অথকপসু নখোয়না ওই,
অথিংবসু নখোয়না শা,
খঙবা ঙাক্কী ঐ লোইনা।
লোনথক লোনয়োন তৌবিবনু,
থাদোকপিযু নীংতম্মা ঐবু।
থেংনজগে বম হুইস্কি,
মাযথীবা পীগে মখোয়বু।
মালেমদা শক্তাকে অমুক্তং,
কংলৈগী কালৈ হাযনা॥

## ষণদা তোংবা হয়িং

মতমগী রাজনীতি লুচিংবা,
মাগী খোঙলোয় ওইবশিং,
মশাগী ফিরেপ লৈতবা,
চোংলিঙৈ চোংবা মকোক্লা।
ষণদা তোংবা হয়িংদি,
মিহৌবা লৈতে চুহীদা,
উতাংবী শানা হিংনীংই।
চীংদা কারে পাইথোক্তে,
ঈশিংদা কুল্লে ইন্নেদো,
নুংশিৎ শিৎলে হুমদোক্তে,
নুংশা শারে থৌওইদে,
কন্না চেল্লে থাদবী,
কন্না চোংলে তাদবী,
শিরে কোম্মুংদা পুল্লপ॥

# মতমগী খোল্লাও

| | |
|---|---|
| য়েক্লবা :- | হাত্তোক্লবনা মাঙহনবা ঙম্লোই যেক্লবা,<br>চান্নবনা য়েক্লবা মাঙহনবা ঙমগনি। |
| বন্দ :- | বন্দগী তেন্দম লৈবাক্কী মপী মপাদনি,<br>অৱা চৈথেং পাল্লিবনা(ফংলিবা) শূবগা,<br>নোংমগী চরা তাল্লিবা কাংলুপ্তুনী। |
| নেশাবন্দ :- | নেশাবন্দগী খোঙজং কন্না চঙশিল্লী,<br>নেশানা তুংদা ইল্লী। |
| লুচিংবা :- | মীয়ামগী ৱা তাবা হৈতবা মীনা,<br>লুচিংবা কুইবা য়াবোই। |
| মবৈবাক নীংবা :- | অশেংবা মরৈবাক নীংবা,<br>মীনা মরৈবাক নুংঙাইনবা খল্লী।<br>তৌশিন্নবনা মাঙনবা হোৎনৈ। |
| নোংমৈ :- | আইনবু নোংমৈনা ঙম্নবা হোৎনরে,<br>ঙসিগী মণিপুব। |
| শেল :- | শেলজাও পায়বশিংগী লৈবাক্তা<br>শেল য়াম্না পায়বতনা ইঙমদ ঙম্মী। |
| নুংঙাইবা :- | ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বা মীশীং,<br>হেনগৎলকপনা খুন্নাইগী ৱাথোক,<br>মশীং হেনগৎলকই। |

## হঞ্জিল্লো

উকুম লৈমা হঞ্জিল্লো,
নুংশা লৈমা থোবক্লো।
অরাবা শকফম হঞ্জিল্লো,
নুংঙাইবা শক্তম থোবক্লো।
শৃদনা নুংঙাইবা হঞ্জিল্লো,
শৃবগা নুংঙাইবা থোবক্লো।।
নেতা শাবা হঞ্জিল্লো,
অশেংবা নেতা থোবক্লো।
মীথীঙ্গায় মিতম্বান হঞ্জিল্লো,
মীথোই মীহেন থোবক্লো
নোংমৈনা কনবা হঞ্জিল্লো,
অচুম্বনা কনবা থোবক্লো।
মীহিংচাগী রাখল হঞ্জিল্লো,
মীনুংশিগী রাখল থোরক্লো
লন্নাই রাখল হঞ্জিল্লো,
মীযামগী রাখল থোবক্লো।
অনীথোকপী হঞ্জিল্লো,
অমত্তা ওইবা থোরক্লো।
লৈকায় রাহে হঞ্জিল্লো,
লৈশেম রাখল থোবক্লো
হিংসা পান্বা হঞ্জিল্লো,
অহিংসা পান্বা থোবক্লো।।

## মীনা হায়নৈ

অচাপোৎ ওইনা খল্লকই,
নীংথিবা শা উচেক উবদা,
শা চাবশিংগী মিৎয়েংদা।

হুরান ঝাখল খল্লকই,
মীপোৎ মীরল উবদা,
হুরান পুকচেন চেনবনা।

ভোট্রব ওইনা খল্লকই,
মীয়াম তিনবা উবদা,
মতমগী কেন্দিদেট ওইবনা।

ভাবাশেল ওইনা উবকই,
গাড়ী তোংলিবা মীশিংদু,
গাড়ী মপু ওইবনা।

য়েক্লবা ওইনা খল্লকই,
অচুম্বা ঙাংবা মীওইবু,
অবানবা চৎপা মীওইনা।

শান্নপোৎগুম্না খল্লকই,
লায়র-অনং মীওইবু,
শেঙ্গাও পায়বা মীওইনা।।

## খেন্নবা

মখল যাম্মী খেন্নবা,
পাঙ্গল থৌনা খেন্নবা,
অচৌবা মচা খেন্নবা,
অপঙ অশিং খেন্নবা,
থোইনা কায়দে খুন্নাইদা;
লাইনা থাবা ঙাক্তনি।
লাযব ইনাকখুন খেন্নবা।
কৌই খুৎশেমগী খেন্নবা।
খুৎশেমগী খেন্নবা ব্রাংলবদি,
নেমথবকই নুংশিনবৈ চাং।
নেমখ্রবদি নুংশিনবৈ চাংন,
খানবকই থম্মোযনুংদা পন।
পন্না ওইহল্লী যেক্লবা,
ওইবকই মমৈদা লান॥

## ফৌহাম শাৎপা

কোরৌ নোংমদোন্ন ৱাংববা'
পন্থৌ ইপানা মৱাংই।
মালেম লৈমনা লূন্নবা'
পলেম ঈমানা মকাম্মী।
মমল নাইদ পাউবৌনি,
হৌজিক্কী মীবোন ঐখোযগী।
লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংদুনা
থম্বিবল্লবা পাউবৌ অসি।
পাউবৌ পাউতাক তুংইন্না,
মমল লৈবা মচানা,
মপা মমা নীংনবি,
লুনা চান্ন তৌনবি।
মমল যাওদ মচানা,
থাযনগী পাউবৌ খোঙ্গাউনৈ।
কোবৌ নোংমদোন্না ৱাংববা'
মাঞ্জ মানা মৱাংই।
মালেম লৈমনা লূন্নবা'
তালোয মানা মরাম্মী।
অসিগুম্বা মচা পোকপবু
হাযনৈ ফৌহাম শাৎপা।।

## অসুম্না তাজে

মপুগী শিন্থা তুংইন্না,
তাইবং লিলা ফম্বাক্ত,
শান্নজবা মীওই মপোক্লী।
তাইবং লিলা লোইরবদা,
লৈহৌগনি হকচাং পোলাং,
পাইখিনি থব্রায চেক্লদি,
মপু মাগী নাক্তা।
হংলক্কনি মপু মানা,
হায়যু করম্না পাঙথোক্লম্মী,
তাইবং শিন্থা নহাক্কী?
মাঙ-তুং খূদিং উঙম্বা,
মপু মাগী মিৎয়েংনি।
ব্রাযেন পথাপ কায়দনা,
পীরক্কনি থবক্কী মহৈ।
পাপকী মহৈ নোরোক্তা,
পুন্যগী মহৈ স্বর্গদা,
অসুম্না তাজে ঐহাক্লা॥

# খরা তৌহৌবা চুমগনি

উ অহন লাইওইনৈ,
ঙা অহন মমল কায়,
মী অহন মীরায়নৈ।
ফজফম লৈতে মী অহন,
মিৎ খবা মমশিল্লক,
য়া তৌরা তেকশিল্লক,
মায়না য়োংমায় মানশিল্লক,
অকিবা পোকই য়েংবদা,
মাঙদা মিংশেল খল্লগা,
ইদোম য়েংবদা ইশকসী।
মী অহন মীরায়বা,
ব্রাবৌফম লৈতে কনাদা।
হকচাংনা পাঙ্গল কল্লিনৈঙে,
তৌহৌবা চুমগনি খরদি,
তুংগী খন্না অঙম্বা,
মীবায়বৈ মনুং চন্দনবা।।

## হৌরো ইচীন ইনাওশা

নোংজু নুংশা খায়দনা,
পাঙ্গন্না শূবা লৌমীগী,
সবকাবনা লেপ্পা খুৎশূমন,
হৈগ্রু মনাদা যোম,
ফংবা নত্তে চাং নাইনা,
শূরগা ফং শূদ্রগতোক,
অনা-অযেক তম্বা ঙমদে।
অতিযা পক্লে মমলনা,
চান-থক্লবা পোৎ-চৈগী।
সবকারগী থবক তলব কাংবু,
চাদা নত্তে লীদনি,
নোংমগী খূৎশূমন ফংলিবা,
নারসু ফংই লাইযেং শেল,
হাপকৎলি পোৎ তাঙলসু,
তলবকী মথক্তা অমুকসু।
হৌরো লৌমী ইচীন ইনাওশা।
তুমদুনা লৈবনু মিকপ থোক্লো।।

# পঙনা হিংলি ঐগী পুন্সি

পঙনা চাবি শিদনবা,
অফং অফং নোংমগী।
চাফম থোকপা করিনো,
মী অমগী নোংমদা।
খঙলুবা কান্নরোই ঐঙোন্দা,
খঙলবসু চাবা ফংলোই,
খুত্তা পৈশা পায়দবনা।
পঙসু শুবি থবকসু,
তাক তাক নোংমগী।
শূনীংই অনানবা থবক,
শূবা ফংলোই ঐগুম্বনা,
শেঞ্জাও পুথোক ঙমদবা।
পঙদবা য়াদে পঙফম থোকই,
পঙনা হিংলি ঐগী পুন্সি।।

# কমদৌরি ইরৈবাক মণিপুর

মী হোঙঙী পোৎ তাঙলি,
আইনগা নোংমৈগা মূক্করি,
নুংঙাইনরি হুরান হৈবনা,
তান্নরি শূদনা নুংঙাইবা,
অশিংবা শারি তাৎহৈবনা,
বন্দ রোকেট স্ত্রাইকপু,
শীজিন্নরি খুৎলাই ওইনা,
দাবী তানবা কাংবুনা।
অব্বা চৈথেং ফংলি,
বন্দনা মরম ওইদুনা,
লৈত-লায়র মীয়াম্না।
মীগী মগুন লৈহন্দ্রে,
শেলগী মগুন চাউহল্লি।
লেপ্পা লৈতে হাৎনবা,
সুম সুম নোংমগী।
নিল্লি মীকপ মীরাউখোন্না,
কায়ন মৈচাক ফংলবশিংগী।
অব্বা ময়োক্করি লায়রবনা,
শূফম নোমফম লৈরক্কবৈ।
অরৈনবা ব্রানরি লৈবগী,
মৎপিখিদ্রা খন মরন্দু।
থবক পীয়ু তান্নরি,
নহারোল লাক্ষ লাক্ষনা।
ঙমদ্রে পীবা সরকারসু,
মায়কৈ খুদিং কুপশিনখ্রে,

নীংব কাযবৈ শক্তম্মা,
থিমিন্নবসী ঐখোয় পুন্না,
লম্বীদু অৰা কোক্লবা।
য়াবোই হিংবা অসুম্মা।
ঐখোয লৈবাক মণিপুব।।

## ঙন্তা চাওখৎলমগনি

ঙাংখিবা ৱাঙাং শকখিবা ৱাশক,
ইলেক্সন মমাঙ লৈঙাক্লোয়শিংনা।
তৌথোক্লকপা থবক কাব মতুংদা,
ওন্ন-তৈনৈ ৱাশক ঙাক্তে অযাম্বা।
চীন্না মীয়ামগী, খুৎনা লন্নাই,
থম্মোয় শেংনা মখোয় হুম্ফুনা
লিংজেন মান্ন মীয়ামগী খন,
ঙাক্লম্বা থোক শকখিবা ৱাশক
ঙন্তা চাওখৎলমগনি লৈবাকসি।।

## করাম চাউবা

হেন্না পান্নুনুদা কবামচাউ,
খরা খল্লুদা মীগীসু,
পেম্বোক তম্মুদা খবসু,
যাবোইদা নদোম ওইবা।
ইদোম নুংঙাইগে খনবদি,
ফত্ত-ৱাখল লাকপনি,
য়েক্না মশীং যাম্বনি।
নুংঙাইবনীদা পুন্না হিংমিন্নবা,
কাউনুদা পুন্সিদি মিকুপ্নী,
হিংলিঙৈ হিংমিন্নসী নুংঙাইনা॥

## বার্তোন

চাবদা হাযব চোপ্পবা,
থীবোং ব্বারক ঙমদ্রবা,
নেশানা চাহৎল মীশক্লী।
কাংথোন্দ খাক্ল মহাক্লী,
মখোঙ মবি পানবদা।
অপাইবৈ জাৎত হায়বসু,
এবোপ্লেন্দা ঙাযবে হাযনবে।
লমচত্তা য়েংবা তারসু,
ওইরনি খুন্নাইগী য়েক্লবা।
শিবে নিপা মহাক্তু,
তমথীব লায়না নাদুনা।
তৌবা তারে চৎনবী,
মথৌ মঙম শিবগী।
ইবি বার্তোন চেনাদা,
গুরু কৃপাদগী মহাক্তু,
চৈতন্য দাস মিংথোন ফংদুনা,
বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখবে।
অসীনি মৈতৈগী চৎনবী।।

## নীংবা কায়বা

নোংথোনগী মচা নোংয়াই,
লায়ব মচা ওইরসু,
অনৌবা আশাগা লোয়ননা,
ৱানা ৱানা হোৎনজ,
লৌরী-শীংজা কায়থোকচ,
তমহল্লী মহৈ ৱাংনা,
মপা মমা অনীনা।
তল্লুবা মহৈ মপুং-ফা,
মচা নিপা নোংয়াইদু,
থবক তৌজগে হায়রুবা,
লৈবাক্কী মপী মপাদা,
নীংবা কায়না হল্লকখি,
লুপা লাক্ককী ৱাহৈদা।
মচাগী মতৌ উবদা,
নীংলম্বা আশা কায়দুনা,
ৱাখল লাইপু ওনম্রে,
মপা মমা অনীদু।
নহা ওইরিবা নোংয়াই,
মওন মওন খল্লকখি।
করিগী অসুম্না হিংলিবা?
ৱা ঙাংখিদে, মরু লুকথখি।।

## মীয়ামগী খুত্তা লৈ

নোং ফুং ঙানবদে,
নুমিদাং তূম্বা ফাও,
শীজিন্নবি পোৎলম কয়া,
মী অমনা নোংমদা।
পুথোক ঙমদে ইদোম,
লৈবা ঙাক্লী অযাম্বা।
দবকাব লৈবা পোৎলমশিং।
কোল কাবখানা ফেক্তবী,
লৌবুক ইংখোল ফার্ম
পুথোক্লি মখোযনা পোত্থোক,
হিংলিবনী মখোয় মপান্না।
তৎনবা য়াদে মবী,
মখোয় ঐখোয় অনীগী।
চাওখৎহল্লী পোত্থোক্লা খুন্নাইবু
পোত্থোক চাওখৎপা চাওখত্তবা,
লৈবনী সবকারগী খুত্তা।
অফবা সরকার লৈবনা,
চাওখৎহল্লী পোত্থোক চাথোক।
অফবা সবকাব কবম্না?
লৈবনী মীয়ামগী খুত্তা।।

# পামজৈনে ঐগী থবায়না

যাইদোং খমদোং যাইফকোন,
ফুবা দলাল নীংথিবা,
মোন্দুম মোন্তেক তাংবনথক,
চাউনা লেম্না ঙান্থোইবা,
মীনাই মীশন থল্লিবা,
পুক্কে লনগৈ চাউরিবা,
ঙাংনীং শক্লীং নীংতম্বা,
মীচঙ শঙ্গন্না যোল্লিবা,
মখোয মতৌ তম্নীংদে,
পাম্লুবা লৈতে থবায়না।
বানা কন্না শূবগা,
নোংমগী চাবা তাল্লিবা,
শেৎপা চাবা মীখা পোন,
হিংবৈ নুংঙাইফম খঙদ্রবা,
বানা নংনা হিংলিবা,
মখোয় মীচঙদা লেপ্লগা,
অবা পোৎলূম পুমিন্ন,
নুংঙাইন লম্বী থিমিন্ন,
চম্না লেনবা পুঙ্গিদু,
পামজৈনে ঐগী থবাযনা॥

# মতমগী য়াওল ঙাইখিসি

তম্বা নহা থৌনাফ,
খুত্তা খুৎলায় পায়,
থৌনা লিংজেন উৎ,
থৱায পোম্থা ওই,
পুবক্কে খন্না অওনবা,
মীয়াম নুংঙাইন ৱাখন্দা।
পাবী নঙবু তারোনে,
নমা ঐগী ৱাহৈসী,
পামদ কনা লৈবোই,
পাম্বা ঙাক্লি অহোংবা,
নদোম ঙম্লোই অওনবা,
মীযাম ইহৌ য়াওদনা।
নবৈবাক নীংবা ওই
নদোম থৌনা উৎপদি,
তাদুনা তোক্কনি মৈবাম্বী,
মীয়ামগী খোঙহৌ লাকখিনি,
মতমগী যাওন তুংইন্না।
ঙাগী পাঙ্গন ঈশিংনী,
যাওনগী থৌনা মীয়াম্নি।
মীয়ামগী ঈহৌ লাকখিনি,
মতমগী যাওল ঙাইখিসি।।

## অসি ওইরেকো মীওইবা

অৱাবা পোক্লে শিবদা,
মিত্তা পিরাং শিন্থনৈ,
পাম্মুর মহাক অদুগী।
শিরগা পেনবসু য়াওনরি,
মীমাঙদা হায়বদি য়াদবা,
ফত্তবা মীনা শিবদা।
মীওই কনা শিবদা,
বর পীখিব য়াওনরি,
শাপ তৌখিবসু থেংনরি,
মীওং মীদা তুংইন্না,
ফবু ফনরদি মীওইবা,
অফবৈ অফবা ঙাক্তনি।
ফংপু ফংনদ্রদি পুকচেন্না,
ফত্তবে ফত্তবা ঙাক্তনি।
অফবনা ফনা হিংগনি।
ফত্তবনা ফত্তনা লেনগনি।
অসী ওইরে মীওইবা॥

# শক্তি পায়বা ইবুংঙো

মীযামগী মীহুৎ ফম্লাইবা,
শক্তি পাযবা ইবুংঙো,
ইলেক্সন মমাঙদা ঙাংখিবা,
শকখিবা ব্রাশক নহাক্না,
মিটিং মফম কযাদা।
কাদ কাহনবিযু ঐহাকপু,
পাউখোল্লোয ওইজগে মযামগী।
নোংঙাল্লমদাই কপখিবা,
লৈরক লমজাও খাযদনা।
কুইবা নংত্রি কাউনুদা।
গনতন্ত্র বিধান তুংইন্না,
মীযামগী শক্তিনা মচাউবে।
শক্তি পাযব কালসীদা,
মিংচৎ পাযবগে নীংবরা?
পায়বগে খনবরা শেল?
তানীংলেদা নঙগী নপাউ
শক্তি পায়বা ইবুংঙো॥

## কাওরেন তেংথা

হে তাইবং মীওইবা!
ঐনা পাঙ্গল চাউবিঙে,
শম্বোৎ লাঙ্গোন খোইবদা,
গাডী পোৎলুম চিংবদা,
ইবেং তৎনা শুখিবা,
কনা মশুং লাংগীনো?
পাবি থাকপৈ নত্তেদো,
ইমোম য়োকপৈসু ওইদেদো,
তাইবং মীওইবা নখোয়গী,
কান্নবা শূবদা তৎপনী।
ইক্ন-ইয়াঙ কেম্বনী।
নখোয়না ঙম্মী মতাগুম,
ইবোল থোক্তবা ঐখোয়বু,
অতোনবা জীবনি খন্দুনা,
লাক্লেদকো লাক্লেদা ওম্থোক্ল,
অহন ওইরক্ল ঐহাকপু,
লুনা তৌবৈ মহুত্তা,
যোম্থোক ঙম্মী মীহিংচাদা।
মীহিংচা ওইবা মহাক্লা
ইঙক থাঙয়ান থাবদা
কবি উপায় লৈগনি
পোক্লুবনা অতোনবৈ মপোক্তা॥

## থিহৌরসি মতম লৈরিঙৈদা

বিজ্ঞানগী খুৎলাই মতেংনা,
মুনখিবনা লাযববগী থবক,
পোখোক্কী খুৎলাই মপুগা,
তান্ন ঙমদ্রে লমজেন,
পাঙ্গনগা মেছিনগা যাঙবা।
পায়শিল্লক অপায় কাংবুনা,
নোংম নোংমগী সুম সুম,
মাল-চাং সম্পত্তি পৃন্বা।
লায়বনবা কায়থোরক সুম সুম,
লৈবন্বা মাল-চাং খুদিংমক।
অনা-অয়েক দষা-লাংফম,
দেব কর্ম্ম লুহোং খোংদোং,
তৌদ-য়াদবী চৎনবী ময়াম।
চথরিবসীনা চথরক সুম,
ঙসি ঐখোয় খুন্নাইসী,
করি ওইরক্কনী মমৈদা?
অব্রাবৈ মশক্তি খল্লুবদা।
অব্রা কোক্রবা লম্বীদু;
খল্লু নঙসু অমুক্তা,
থিহৌরসি মতম লৈরিঙৈদা।।

## মান্নবা খুন্নাই

ঈংবা লৈবরোই লৈবাকসি,
মান্নবা খুন্নাই নত্তনা।
ন্নাথোক-লাম্থোক কূংলিবা,
মীহাৎ-মীপুন তোয়রিবা,
শূফম নোম্ফম ফংদ্রিবা,
থবক পীয়ু তাল্লিবা,
থবক পীবা ঙমদ্রিবা,
লৈবাক ইবাং থোক্লিবা,
বন্দ ব্লোকেট তোয়বিবা,
থিংবা ঙম্লরোই কনানসু,
মান্নবা খুন্নাই নত্তনা।
নীংতম্মদ্রিবা শেৎপা-চাবা,
নারগা লায়েংবা ঙম্মদ্রিবা,
জীববু নুংশিবা খঙনদ্রিবা,
মীগী মমল লৈনদ্রিবা,
মী মশেল য়েংথীনরিবা,
পোৎয়েন-চাকয়েন ফৎত্রিবা,
ঐগী ন্নাখন্না মাঙওইনরিবা,
মীয়ামগী ন্নাখন্না তুংওইনরিবা,
ঈংবা লৈরোই লৈবাকসী,
মান্নবা খুন্নাই নত্তনা॥

## লায়র শরুক তম্বিরো

হে নুমিৎ থা মালেম,
তাইবং জীবগী মপু,
শেম্বিবা ঙাক্লী নখোযনা,
জগৎ জীব পূম্নমক।
অচৎ-চত্ত জীব খূদিং,
নচা ঙাক্লী নখোযগী।
নুমিৎ থা অনীদি,
চানবী হৈ পূম্নমক্তা।
নাইদে মীচঙ-মীখায,
তাইবং জীব কনাদসু।
ঈমা মালেম নঙদি,
মীচঙ মীখায নাইমল্লী।
লৈতবগী লৈত্রে লৈফম,
সীবিদ্রে লমথুং লাযববগী।
অপাযবনা পায়খ্রে হেন্না,
লাযববৈ শরুক য়াওনা।
চানবীযু ঈমা নহাক্লা,
নঙসু নুমিৎ থাগুম্না।
মীচঙ মীখায নাইদনা,
লাযব শরুক তম্বিবো।।

## সেপ্তেম্বর থানা লাক্লবদা

পোকখি সেপ্তেম্বর ৩০,
লোমখি পুন্সি সেপ্তেম্বর ২৬,
য়াখিদে ফোংন লৈবা,
লোৎনা লৈখি সেপ্তেম্বর ২১,
কোলোয় মিংদি ইরাবত;
হিজম শাগৈদা পোকখিবা,
তাঙন ফংবা মপারী,
মৈতৈ লৈমা ঈমাগী।
খুন্নাইগী য়াইফ থৌবমদা,
হীরম খূদিং খুৎমাবা,
লোইলম মপু বৃটিশকী,
লৈঙাক মমৈ ব্রায়রকতৈ,
নিংথৌগী শক্তি চাউবিতৈ,
সাব চুবাচান্দ মহারাজ,
সনা হাক্তক্কী মতমদা,
নিংথৌ বৃটিশ অনিনা,
লৈঙাক সাসন তৌমিন্ন,
মপু অনি ওইবন্মী,
মৈতৈ লৈবাক মনিপুব।
লৌমী-শিন্মী খূদিংনা,
চীং-তম অনিগী,
মীনাই নাইথাঙ ওইদুনা,
ব্রানা-নংনা খাঙলন্মী।
হিংবদা ব্রারবা মীয়াম্না,

মায়কৈ খূদিং হা-হাকার
ঙাংবা-শকপা ঙন্নমদে,
নিংথৌ কোনগী ফমনাইবা,
মীওং কাংবুগী মায়োক্তা।
অদুগুম্বা চির তাঞ্জাদা,
মীযামগী অৱাবা কোক্রুবা,
চোংথোক্লকখি থৌনা লৈনা,
মতীক লৈবা ইরাবত।
নিংথেকোনগী ফম্নাইবা,
মক্মাক ইবুংঙো মিংথোন ফং,
অচৌ ফম্বু থাদোকখি,
ওইজ পুন্নসু কথোকখি।
মীয়াম লক্তা চঙলগা,
লুচিংবা ওইনা মীয়ামগী,
মিকপ থোকহনখি মীয়াম্বু,
অপূনবা শক্তি শাগৎখি,
থেংনখি পূন্না-পূন্না,
ওইরকখি জয় অপুনবনা।
খাঙবা ৱাখি নিংথৌকোন,
শক্তি পায়বা কাংবুশিং,
খাঙবদা ৱারবা নিংথৌগী,
শক্তি পায়বা কাংবুনা,
ফানবা হোৎনখি মহাকপু,
শরৌ লাংবু থাক্তুনা।
ইবাবত ফাবা মীশক্তা,
শিনা নত্তগা চঙনা,

মনা চাউনা পিগনি,
নিংথৌ য়াথং লাউথোকখি।
মনা পাম্বা কাংবুশিং,
সিফাই থানা কয়ানা,
মাবু ফাগে তান্নখি।
সিফাই থানা লাঙ্গোয়চন,
চেপ্তোক য়াদ্র তাঞ্জাদা,
অশিবা শানা লোৎহনখি,
লোংখোনবী মান্না থৈদোকখি,
মীয়াম্মা নুংশিবা মহাকপু।
মাঙবা ঙম্মী শন্দোকখি,
পাইবা ঙম্মীসু ঙাংনখি,
কনবা ঙম্নবা মহাকপু,
লুচিংবা নঙগী নগুণবু,
লোইবা ঙম্লোই শীংথাবা,
পাঙদ ঐগী ইতীক্লা,
খঙজবা খবা নত্তনা।
সেপ্তেম্বর থানা লাক্লবদা,
মিৎলু পিরাং পিবোযনা,
শোঞ্জগে নঙগী নগুণ,
হে জননেতা ইবাবত,
হে জননেতা ইরাবত।।

## অইবগী পুথোকখ্রবা লাইরিকশিংঃ

১। ওজা শঙ্গায় (ৱারীমচা), জুলাই ১৯৮৫ ইং।

২। শিংজু মথেল (শৈরেং), আগষ্ট ২০০২ ইং।

৩। ৱারী শিংজু (ৱারী মচা), ওক্তোবর ২০০৩ ইং।

৪। থোংজাওগী খুন্থোক্লোন, আগষ্ট, ২০০৮ ইং।